মোল্লাং

# কংন-লোন

অহানবা শরুক

---

লোংজম য়াইমা

মমল লুঃ ১৲

অকোংবা ঃ—

**আইঃ এসঃ অকোইজম**

হেড মষ্টর

থৌবল গার্লস হায় স্কুল, থৌবাল।




অনিশুবা নম্বা—কোপী ২,০০০

১৯৬৭, সেপ্তেম্বর।



নম্কম:—

**বিজয় প্রিন্টিং ৱার্কস**

পাওনা বাজার, ইম্ফল।

শ্রীলোংজম য়াইমা সিংহগী শৈরেং মোল্লাং কংন লোন' য়েংলে। বাহৈ বাতা লুই, ফোংদোক্লুংবা য়াখল তশেংনা উহনবা ঙম্মী। শৈরেংগী খোংথাংস্তু তাঙ্গা নাইবা ঙম্মী শৈরেংশিং অসি পাবা মীপূম থূদিংনা নুংঙাইবা শৈরেংনি হায়গনি হায়নঃ খল্লি।

শৈরেংবগী খোর্জেজনা অতৎ-অথম নাইদবা ইচেলগী খোর্জেজ অমা ওইবা ঙমসনু হায়না ঈশ্বরগী থুয়াদা থুরুমজরি ইতি—

শীতলজিৎ

তাং ২০।১১।৬০ ইং

# কচ্চবা

কচ্চনিংহৈ, অপোকপী পলেমগীদি থুম্নাখা ;
লাইরৈবাকী পম্রিজাৎ, মিরমলেন্দ শাৎত্রবা ;
লাইরোন থোক্তা, লম্ফুক্রা কৎঙমদ্রে ।
শকচনিংহৈ কোনলোই, পোম্লহল্লিবা কোকিলগুম ;
খোংঙম্নদবন । অপোকপী, মীতোত্রঘা খোক্কে দ্রো ;
হোংজনিংবা ফিরোন, চাওখৎলবা মীরৈবাকী ;
চীংলোল মপল লানঙমদ্রে পাঙ্গলসে
লৌবিয়ু ইমা পেনবীহৈবী, কচ্চরিবা !
নৈশক খঙদে লৎনবীবা তৌদনা
তাবিয়ু শকচরিবা খোলহেকগুদে চিংনবিদনা ।
হৈরাং নৈবাংনা থল্লবা বাৎত্রবা !
শবল য়াওদবনা মপুং ফাঙমদ্রবা,
পলেম নৈকোননুংগী নৈথাংসে কচ্চগে
লৌবিয়ু ! অপোকপী খায়াখাদ কচ্চবা ।

য়াইমা

# য়াহৈ খরদং

লাইবককফবদগী শৈরেং অসি পাবা ফংজরে অহানবা অমুক অনিরক পাবদ: ঐগী পংলবা য়াখলনা লাম্বা ফংদবা কয়ানি, অদুবু হয়া হয়া পারগা নৈরগা মমল লাইদ্রবা মীওইবগী পুন্সীগী অৱাবা কোকনবগী লোন কয়ামুক ফংই। মপানগী অর্থদা পাবদসু অদুম মফজ্ঞে অদুবু লাইরিক অসিগী অমৃতদি মনুংগী অর্থদ' লৈ। লাইরিক অসিগী নিংথিনা থোক্লবা মমিং "মোলাং কংন-লোন" হায়বা অসিনসু অদুম ফোংদোকই। শৈরেংশিগী য়াওন-শুনা চেনব য়াখলগী ঈচেল অম: নিংথিনা চেম্থক্লি। কবি অসিনা অনিগী সংসার অসিবু য়াম্না কুপনা য়েংশিল্লি। মহুদগী অচুম্বা পুথোক্লকই। হৌজিক ওইরিবা অকিবা ফংহল্লবা পৃথিবীসি মুপা মুপীদা লম্বী তাকুনা স্বর্গ পুথরক্কে হায়বগী আশানি থাজৈশেংবমকসু হয়েংগী য়ুম্বীরেল ওইবব। ওইবগী ভ'দগী নহারোল-শিংনা 'মোল্লাং কংল-লোন' গী লোনাশিং অসি থবক্না ওন্থোকপীরবদি লাইগী মচাশিংগী লাইরৈবাক অমা পৃথিবীশিংদ লাইদ্রে হায়না মাং-জোননা লৌবদা লৌমনবা থোক্কে। লোনাশিংশি পুন্সীগী হিদাক ওইনা শিজিন্নবা য়াবগী মওং উৎলি শৈরেং অসিগী মরমদা মপুং ফানা ফোংদোকপা ঙমজদবা অসিদা অৱাবা অমা ওই। মণিপুরী সাহিত্যদা অনেবা লৈতেং অমা হাপচিনবনি। মতম মতমগী শৈরেং মচা মচা কয়া ইত্রে, হৌজিকসু ইবা লোইরবা কয়া উবা ফংলে; তুংদসু অরেপ্পা লৈতন ইবিরকপা ওইসনু। শৈরেং-লাইরিক অসিগী অহাম্বা ফোংবগী কোপীসিং চেগী মমল অমসুং অনম্মল লোইনমক পুথোকপীরগা ঐখোইগী স্কুলগী রেক্রিয়েশন হোল কম ওদিটোরিয়ম শাবা থুনা লোইশিনবদা মতেং ওইনা দান তৌবিরকলে। ভারত সরকারনা লুপা লিশিং ৩৫ মতেং পীবিরকখি—হৌজিক শঙ অসি লোইশিনবদি লুপা লিশিং ৭০

য়োম চংগদৌরি। শেঙ্গাও পাইবনা তৌঙমদবা কয়া তৌবিবদা ঙক্কবা ঙমজদে। ময়ামনদি খঙদবা, ঈশ্বরনদি খঙবা দান কয়া তৌবিখিবা ইয়াম্বনি। লাইবক ফবদগী ইয়াম্বা অসি ঐগী পুন্সাগী লন্থোদা থেং-নজবনি ইয়াম্বমক শক্তুনা ঐবু লমজিংবিরকপনি। ইয়ামবা অসিনা ইতৎ তত্তনা তাকপী—সংসারদা লৈরিবা পোৎশিং অসি ঐখোয়গী নত্তে শিজিন্নবা ফাওবতনি। ইনাকখুনবশিংনা পৈশিললীবশিং অসি মীগী মপোৎ শংবনি। পীথোকউ মফমচানা—লৌবতা ৎহগন্নু। খ্বাইগী মপু ঈশ্বরদা পীখো, শিননখো—মদুনা নহাক্কী লেংদ্রবা লননি। স্বর্গদা ঈশ্বরগী মনাক্ত থমখো। মদু ওইরবদি উচিনা চায়রোই, কোহিলং কায়রোই, হুয়াগ্বনা হুররোই। ঈশ্বরনা হকথেংননা লোদে; মরাইবকথিরবা মীওই, জীবশিংনা লেন্নরগা ঈশ্বর খোই। অকাওবনা লম্মুক্কবদগী মীওইবগী অবাবগী মনুংচল্লবা, চাক ফংদবদা চাক পীবা, ফা শেৎতবদা ফী পীবা, য়ুম লৈতবদা, য়ুম পীনবা লমজিংখিবনা—লেংদ্রবা মওংদা তুংশিনখিবনি। বাদা ঙাংবা, থবকতদি তৌদবা ইয়ামবা নত্তে। হায়-বদগী থবকনা হেননা তৌথোরকপা ইয়ামবনি।

মমিংতা মপী শিন্থরবা লাইবক থিরবী ইমা মণিপুরগী শেবা তৌবদা অথাকপা লৈত্রবা ইয়ামবনি। অরেপ্পা লৈত্রবা চাৎদগী চেন্থ-রকপা ঈচেলগুম তৌবিমল লৌদনা দান তৌবিরকলি। দান অসি তৌবিরকই হায়দুনা শিন-থুংনা পাও তমজবসু, থাগৎচবসু ঙমজদে। ইয়াম্বনসু পামদবা থবকনি। লোয়া, কনা তাহন্দনা পাংথোকপা থৌজালগী থবক্কা থম্মোই খুদিংবু পুনশিন্দুনা ঈশ্বরগী মনাক নকশিনবা ওইসনু। ইয়ামবগী লমনদি শিংবা ঙমলরোই—ঈশ্বর মহাক্না দানগী মনা ওইনা চোংথোকপীরসনু।

God said, "let not thy left hand know what thy right hand doeth; that thine alms may be in secret; and thy Father which seeth in secret Himself shall reward thee openly."

অরোইবদা থুং লোম্নহুনা, থম্মোই শেংনা অহল-লমন, লাই-গুরু, মরুপ মপাং, ইচিন-ইনাও, ইচল-ইচেশিংদা শৈরেং লাইরিক মচা অসি অমমম লৈবিরগা পাবিয়ু হায়না হঙ্গৎচরি।

জয় জগৎ


আইঃ এসঃ অকোইজম

হেড মষ্টর

খোবাল গার্লস হায় স্কুল, খোংবাল

মণিপুর।

| হিরম | | লমাই |
|---|---|---|

মোল্লাং

# কংন-লোন

## খোংবিয়ু

খোংবিরো ইমা ! অমুক হন্না
নহাক্কী নুংঙাইরবা হরাওপুঙসে,
তাজবা ঙমদে ঐগী নাকোংনা,
ইংডি, শোন্নরিবা বীণাগী খোঞ্জেল
খৎঙমদবনা য়োংকী তার।
ইমাগী তম্পাক্তা খোংলিবা, ইংলবা
নুংশিবা পেনাগী খোঞ্জেল নত্তন,
পেঞ্জদেনে পলেমগী হরাওপুঙ।

খোংবীয়ু ইমা ! খোংবীয়ুনে লেপ্তুনা
পুন্সি লমজিং লম্মুক্করবা,
অপেনবা লৈত্রবা মীওই মপোকসে
পোথাফম ওইরবা অতুগুম্বা খোলহেক্তা।
শাবী শানৌনা থিরিবা
চবুক চৈজিং লোনবদা।

খুৎথেক চারবা খোঙফমগী অইংবা।
মপুগী মিংলেন তাইনপুঙদ,
খৎলুরগা অঙকপা মঙ-লাং ওইরম্বা,
লেল্লুরগা তাইবং লৌবুক।
হে পেনা পুক্কিংবু শুঙ্কৎপী
লাঙ্গোই শাগী শামৈও।
নংনা হবাওপুঙদা কাবদি পেন্নরে।
পোকচবগী মহয় য়ান্নরে খোন্নৌবা!
অবা অনা কাওনরে মীরমলেন॥
খুৎথেক চারবা জগোইদি, অইংবা
পেনা-ও খোঙফমগী নিংথিবা ঈপোম।
কাওজন থিরবা মীওইবা
মপুগী তাইন হরাও-পুঙ,
করম্বা খোংফম থিজুনা ইংলগবা,
খোংলগবা করম্বা শাগী শামৈদা
তাইবং শিম্বাবু লানঙম্বা মীওইবা।

# মাংওইনরিবী

মীরোল থোক্তবগী অবাবদা
লমজ্জীংবিনবা লৈতবনা লম্মুক্লরবা
ঐগী মমলবা থম্মোই ........ ।
নোংচুপ শম্মোংদগী হৌরক্লবা,
লৈচীন নোংফাই মরক্তা ।
মপুং ফানা উঙমদ্রবা,
উরিবা চীংগী চীংদোল,
অমম অঙাল কোকথোংনা
শমলাং চোইন তা—
খুদাং পিফম নাই,
নুমিৎ. থা, থবান্মিচাক্কী
মঙালবু কোকথোংননা পুবিদুনা,
মম্লবা ঐগী থম্মোই,
কংদ্রবা পিরাংগী মরক্তা
মুৎলি-শারি লেপলিবী ;
পল্লেম মানবী-ও !
কনানো ইমা নহাকপু ?
তাকপিয়ু ইমা তাকপিয়ু !
ঐগী পিরাং কংনরম ।
হাদা কপলিবা পারি-ও !
য়েংউ ............ ।
নংনা উরিবা চীংজাও'দু

তায়বং লৈচিল অঙাওবা
শেনলোই, লাংনা পন্নরম
মণি পোকপী খঙনৈদো।
পারি মানা মাংওইনা
ইমোম মানা তুংইন্না,
লাইজ ঈচাও তমবদা,
শিঙ্গরিবা ঐগী পিরাংনি।
তাখোকো; চৎলুগনু অথাপ্প',
অবা-চিংজিল লাংবা কাল
ঈচেল হঙ্গৎনা চেনলিব',
গুরুগী খুভম য়ারিবা,
লাংওন তরেৎ তান্নরম
পন্না মঙা তিল্লিবা,
লাংলেন শরা শন্নরম,
য়াইরম তরেৎ তুংনফম,
থোংলোন মাপন ফাৎপলম,
ঐগী খুভম চীংগী'থক,
য়াইরম তরেৎ ফাহুনা
থোংলেন মাবু লোল্লগা,
তাইনা পুঙদা কাহুনা
তাইবং অসি য়েংলবদি;
পীরোইনরবা লাইথুংগী
অবা পিরাং কংহুনা
মপুগী খুবম উগনি।

মোল্লাং কংন-লোন

ইমাগী পা-লীবা কপলগনু ?
লমদম অসি থিকখো,
চীংলোন মাপল লানথিনু
মুমিৎ, থ', থবানমিচাকী
মঙান পুন্বা তুংনফম,
অবা, নুংঙাই পুন্বসু
ফংগান , থিরিবা অবাৎপা
লৈরবনি মফম অতুদা।
গুরুনা ফম্বাল থারমদাই,
মচা অনি য়েংতুনা
তাইবং তরেৎলক, কোইঙম্বা
মাগী ফম্বাল ওইগনি।
ইমা লৈমরেল শিদবী
মচা অশোনবা য়েংতুনা,
ফম্বাল তরেৎলক কোইবনা
তাইবং কোইবা শক্কুনা,
ফম্বাল মাগী ওইবগুম ;
এবু মশক খঙতুনা ?
নংবু হন্না য়েংলগা,
শকফম অতু থিরুখো।
পারি পাঙ্গল লৈরিঙৈ,
পুন্সি য়েনখোং অহানবা
কলম ; অপাম মাংওইনা ;
মুংশি, তুংওই লেপনি।

তায়-না পরম উহ্না
থীরকসনু ? মপুগী খুতম
লেপলিবনি। পারি-গু মাংগইনা

---

## রায়েল চৈ

তাইবংদা ঙসি থিনরি ?
মীওইবা হায়বা ঐখোইনা,
লৈমা নিংথৌ নাইহ্না
লৈবাক মরা তপ্লবা ,
রায়েল চৈরাক পিবদা
লৈবাক ইরাং নেমদ্রে ।
লাইথুং চামনিপালগী অযাবা
মাইবা মাইবী চোংথোকপা,
লাইথুং মশিং নাইদবা
পিরাং অকোইনরক্লে ।
তাইনফম লৈত্রবা মীওইবা
থিরি চীংজাও লান্দুনা,
মশিং নাইদ্রবা তীর্থদা
লুপলগা অহোইনা চারক্লে,
ঘীনা মৈদা হৈবনা।

মীরোল থোকত্রবা ঐগুম্বা,
লাইরোল তাবদা ঙক্লক্লে ?
থম্মোই মঙাল ফংদ্রিবা,
অমম্বা কোক্লরমনি খন্দুনা
মৈবুল কোকথোং পুরুবা ,
মঙাস্তবু পাম্লবা মৈরাম্বীগুম,
পিক্লবা জীব কয়াগী
মাঙন লম্বী ওইবগুম,
ইপা ইপু ফিরুক খুমখরে ।
অঙাংবা , অশংবা, অমুবা
য়েক্লুনা অঙৌবনা মাঙদবগুম ;
লৌরবা মাংঙ্গং মরক্তা
তরং লাইজ ঈহৌবা
তাইবং লাম্লরম উখিদ্রে !
বায়ে চৈশক কাওখরে ।
মীরোন থোকত্রবা ঐগুম্বা
পিরাংগী কংনরম থিরুশি
লৈরমগনি ঙঙ্গংনা চেনবসু,
নিথথৌগী ফম্বান্দা থীবনা
লৈবাক বায়েল চুম্লরোই ।
ফমগী মপাল শাৎলিবা
ফমগা বারি তাক্লসি,
তাইবং কোইবা ঙম্বনা
লাইথুংগী অবাবা কোক্লরোই ;

ইপা ইপু পোকপগী
মোল্লাং কংনরম খিরগা
বায়েল চৈশক খঙখিসি ।
তাইবং ইপুরোই শিদবগী
লৈবাক বায়েল থৌপুবা
লুবাংগী ভান্নফম নিংথিবা,
মঙাংগী য়ুম্বীবেল অথোইবা
খুমনগী চৈশু ওইনচৈ
অঙৌবা পুবৈ নোংপোক
পুরোই তান্ন চৈ :
মোল্লাং ফম্বান্দা ভালিবা
নিঙথৌবাগী চৈঙাক ওইবচৈ,
নুরাগী মুংওল চৈ,
পা-লীবগী পাঙল তান্নফম ;
মমিৎ হন্থবা হৌরবা
মতাং তরেৎ পাল্লবা,

চৈগী চৈশক খঙদবনা
লৈবাক ইরাং হৌড়ুনা
লাইথুং চামনিপান পোকখিবা,
চৈশক খঙনা বায়েনবা
তাইবং পিরাং কংগনি।
ইমা লৈবাক নিংথিবা
হৌরি উদ্রগা কপ্পগনুসি,
তাইনা ফিতুপ অহমদা,

মোল্লাং কংন-লোন

অবা'না হোংবা লোয়
বাহোং লোয়বু থিরগা
তাইবং পিরাং কংগনি,
বায়েল চৈশক থিরশি।

---

## নুংশিবা

হে। পা-লীব !! পাবু খঙগে,
বাখলগী মঙাল তাল্লিবা করম্না ;
থম্মোয় হুপ্পবদা লৈরাং লৈনম্না,
নুংশিববু করিগী হুনি হায়বিবা ?
তিংখংগী অবাববু লাম্থোক্কবা থৌরাংদা,
য়েক্কবগী লাঙ্গোই. চৎনবীগী ঈচেন্না,
মুরবা মৈতালগী মবক্কা স্নান,
শারবা মৈঙাংদ, নুংথংগী শাফুদা,
হন্না হন্না ফুদোংলগা ফজবগুম ,
কোইপ্পগা য়েক্কবনা মাইকৈ মরিদা,
অহোইনৈ থোইনা থম্মোয়দা নুংশিবা।
পুম্প্রি চাংজৌ মরিগী অকোইবদা,
নিংথিবা হেনগৎপা লাইজগী ইপোম ;
স্নাগী থম্বাল তাওবগুম ঈয়াইদা ;

তৎনবা য়াত্রবা থম্মোই অনিদা,
ঋয়রবদা খাইনা মৈশাগী অবাবা,
তোর্ব্বান অনিগী মরক্তা চেল্লিবা,
অতৎপা লৈত্রবা ঈচেলগুম পিরাংনা,
মপুগী অকুৎপা তমলবা লাইজগুম,
লৈতেংক্নুনা অথোইবা পাঙ্গল তানববু
করম্মা মিৎতাংবনি হায়্যরিবা নুংশিবা।
হে! বাখলগী মঙাল তাল্লিবা- পা-লীবা॥
অরাম খোরাংববু কাওবা ঙম্লবা,
অবা, নুংঙাই চাং তমলিবা,
অমম-অঙাল মৈরাগুম ঙাল্লিবা,
অসিগুম্বা নুংশিববু কথোকপা ঙমলবা,
অরাম খোরাংনা মম্লবা থম্মোইদা,
অথোইবনি মহাক্তো, নুংশিবনি অশেংবনি



# অঙৌবা

অকু' লায়জ নোংদোলগী ;
নৈখি য়ৌরকলগা লৈমায়থক ।
ইচেল মাবু নিংথিবী,
মীওই' লমচৎ ঙসিগী,
লৈতেংলবদা মচু কয়ানা,
অকু লাইজগী ঙাওবীবা
শাবী শানৌ শকহেনবা ।
থৌম নুংগী মবঙ্গা,
অহান' ইক ফংবগুম ।
তাইবং লাইজ অকুবা
লৈমা ময়োন্দা মকখিবা
থম্মোয় মাবু নুংঙনবা
নুং-না নুং ওইনা
লোয়বী নাপোম লোয়ালম ।
অপান' ফিগু তান্দুনা,
অঙৌবা মাগী য়েক্লিবা
তাইবং শিল্লম অমোৎপা
ইমা' লোংগী লোংখোল্লম,
অঙৌবা পাত্তা তাবা,
তায়বং উবোং ওইরিবা,
মমখিনু হে অঙৌবা ।

---

# শকখংদবনি

তাইবং-মপুগী খুৎশেমদা,
অরূ-অহেন নিংথিবা,
মাঙখিগনি পুখবি অশুকপদা,
চান্দাল পাম্বীগুম উমংদা।
লাংশি মণিনা থোৎনু নুংলক্কা,
মুক্তানা সমক্রুদা লুপখিবা ;
উরুবগা অসিগুম্বা খুৎশেম,
তাইবং ঈচাও ঈবিদা,
পৎথ্রগদ্রা লোৎশিবী লৈবাংনি,
মহৌশা কৌবা লাইবেম্বীনা।
পল্লোল কয়া খাত্নুনা,
থমলি থোংলোল মপানন্নুংদা।
ঈচেল কল্লবী তুবেলবু,
পুখবি নাকোয়ননা অথাপ্লদা।
তপ্লবা ঈচেন্দা চাইবি,
পৎথখিগনি লৈবাং পামেল,
খিকলি নোংমদোল লাইঙ্ক,
ঋতু তরুক লেপ্তুনা।
মালংগী শহুম্না লৈমায়থক্তা,
তিনখিনি লৈহি মরিক,
শিক্লবা ঈবম কয়ানা,
পুখিত্নুনা ঈচাওদা তিনগ্রগা,

থকলুবা জীব কয়ানা
মপুগী খুভম কাওগনি
চুমথোক্লি ফিবোন তবেৎনা।
লৈবাংগী লৈনম ফংবদা
নিংশিংহল্লি খুদক্কা মফমদো ;
তাইবং মপুগী খুভমবু।
লৈবাং লৈশক উকবা,
পংথখিগদ্রা হল্লুবদা মাইথোং
অথোয়বা মশক থিনবে।
মপুং ফাববা মহাক্কী
তনিক তনিক নিংথিবা,
তাইবং জীবনা ঙাওনবিব,
থকলুবগা অতুগুম্বা লৈহ ;
শাৎঙমদনা মপুগী লৈকোন্নুং
উখিরোইদ্রা লৈবাং শক্কম ;
য়ান্নবে অখম্বা লম্বী।
মাংওইননা লেপ্লুববা কনাগুম্বা,
উরুবগা মহাক্কী মউ
খোংথাং খুদিং কখোকলে,
চংজফম থিদুনা কপ্লক্লে।
হেঃ লৈবাং নিংথিবী।
নউ য়েংই অঙকপা,
নোংমদোল পক্কা বাংবং
লাইরৈবাক্কী থোংজি উনবে।

লৈশক খঙগে থিরুবা,
মপুগী থোৗদা উনরে,
লৈরাংগী লৈহি খোয়থুম্বা
তাইবং লৈতেং ওইনরে ।
মহাক্কী লৈনম ফংবদা
তাইবং লাম্নরম উহ্ননা
ঙসি মালেমদা থিনবে ।
অহুবু লৈরাং শকহেনবী,
নংবু শকখঙদবীনি করম্না ?
খঙদবনা উতাংবী'ন হায়নবা,
নখোঙ শোম্বীনবা লৈতবা,
মৈতৈ লৈকোন্দা শাৎপনা ।
থিরুরগা মীবমলেন্দা, অঙৌবা
নকলুরগা নিম্ম'নবা লাইরৈপাক্কী
চিল্লুরগ তাইবং লান্নরম'
স্নাগী মহিদগী অথোইবা
তাইবংনা পিবদা লম্মুকববা,
হোরি ইমা লৈবাক্না ।
চোংথোক্লে ইচিল ইনাওশা,
অর বদ নন ইয়াম্বা
'চংখংপীম্ন খ.নম্বা লৈরিবা,
তিন্নহ্নন শেম্লাশ অমু ন হন্না ,
অনৌবা কোলোম তোহ্ননা ।
ফুরুসনু ত'ইবংনা চারশে,

থাখিসন্থু মাইগৈ মরিদা,
নিংশিংহনাশি, কাওবা লৈতনা
হৌফমদি মণিপোকপি কংলৈপুং ;
থারম্লীবসে ইপা ইপূ পোকপনা,
হায়হনগনুশি শকথঙদবী লৈরাংনি !

---

# তাইবং লন

পেন্না যাহিপ্ত, লনগী ঙাওরিবা
অরেম্বান হিবা, ওইদবান মাগদো
অমক্লপা লৈত্রবা স্নান৷ লৈতেংহ্নবা
ফংলোই অহুগুম. মঙাল তাইবংদা,
চামবক হন্না ফুদোংলবা লুপা
য়োমহ্নবা হকচাং পুম্বা অঙোবা ।
ওইবোই পু'ন্স থম্মোইদ৷ অশেংবা
হিবাগী পাঙ্গল, মাণগী মঙাল,
খল্লগনু কোকনি তাইবং অমম্বা ।
খিরুরগা নো'মা ফংগ'ন শোয়দনা,
স্না. লুপা, হিরা মণি ;
কো'গ্রেংদগী ফংবগুম মুক্তা ইরমলেন্দা
লোৎলি লন্দো৷ তাইবংগী লান্নফমদা
শুমগা পান্দবা, ফেংলগা থোদব ,

লাইরবতনা পাঙ্গনবা তাইবং মৈরানি,
খঙদবনা য়েক্লবনি, য়েম্লিংথাগী নুংঙাইবদা।
নোংখোং কুংনা চুরবা নোংজুথা,
হেনগৎফদে মহাক্কী চাংজো শকখঙনা
শারবা কালেন্দ পীনগনি অইংবা।
ঈকং থাদা ঈহৌঙম্বা মহাক্কী ঈপোমনি ;
থিরুরগা হিমালয়গুম নোংদোম পক্লা অঙোবা
তাল্লুরগা ইরন্নি, মল্ল-মল্ল লৈনুংশি ;
চেকশিল্লু, মাঙখি'ন হৌরকলিবা কয়ানা
নপূগী পাঙ্গল ন্বান্নফম ইরন্নে।
নোংখোঙ ফুইনা চুরবা নোংবানথা,
থৌরাঙলগনি মাঙনরম, হোলায়গুম লাক্কুনা
শারগনি লুপখিনবা ঈথক্কী জগোই ;
মহুদা উগান অপাম্বগা অহেনবা ;
ফংগনি লন্দো নুংশিবগী অরোইবদা !
শকখংদবা য়েক্লবা অপাম থৌবাং খোংথাংদা
লোইনগনি মহাক্কি বসন্ত পুংসচুপ্পা ;
উগনি নুমিত্তো তাইবংগী হৌরকফম,
লুপা স্না মণিগী পোকুফমবু,
মাঙদ্রবদা অমম্বা তাইবংগী খোংথাংদা,
ফংগনি শিল্লমদা চোকথদ্রবা পাঙ্গল
থাল্লনি লৌশিংগী অথোইবা মৈবাদো।
মাঙহনবা ঙমদে কনানযু লনসে,
মাঙখিগনি ঐতনা শেমজবা লাংদা।

থিরুগদবা নত্তে অথাপ্পদা চত্তুনা,
কেনখিগনি চীংদা শাংপা ইঙেল্লেগুম,
লৈরমলবা মীওইবগী তাইনফিদুপ্তা মীপুমতিংনা।
শুগনবা লাইববা চাগনবা য়াংগংবা ;
নিংশিংলগা ইপা ইপু পাওতাক।

———

# কায়ফদে

স্না কৈথেল নিঙবু-থিবা,
লমগী শাদি শজিনা
কৈথেল অচৌবা কাবগা
লৈবাক ইরাং হোদুনা
লৈকাই পাওজেল ওইরিবা,
শজি মিত্তা কৈথেনবা
তাইবং লনগী কৈওইবী ,
লমগী শাবু ওইরগা
ইমা লৈবাক্তা মাংখিবা,
লৈম লৈথোং থিংলিবী
শানা শোকনি পাওজেনবা,
মীরোন থারোন্নরিঙৈ
ঈ-পাম নুঙশিন ঈথৎপা,

পাম্বা কৈরেল ওইফদে ।
ইপা ইপু পাখোংদা,
হয়িং খোংবাল কৈথেলকা,
লৈবাক মাংগনি হায়নবা
থিদ্রবা য়াদ্রবা ইরন্নি ।
লৈমা লৈথোং হাংলবী,
হয়িং থোঙবাল কাওহুনা
লনগী কৈথেল কারগা,
ইমা লৈবাক লাংবনে ।
তাইবং ইপুলোই শিদবগী
সনা কোরেক য়াইওইবা
লুপা কোরেক থেন্নফম
সনাগী কৈথেল মিঙ্গোবা ।
শল্লুপ পুবা কাওরেন্না
শনবোই মশক তাকহুনা
ইপা মশক খঙহল্লো,
ইমা মশক তাকপীরো ।
ইপা ইপূ পোকপগী
শাজৎ লিচৎ থিহুনা,
ইমা লৈবাক কায়ফদে ।

---

# শিদয়াই

থিরশি শিদয়াই পাঙ্গীদো,
ঈতিল মফম য়েংফনা।
ঈরোং মশক খঙলগা,
লাইথুং চামনিপাল কোক্লবা
অপোকপী মঙোন্দা চংজসি।
ইপা মশক খঙলগা,
লাংওন তরেৎ উবগা,
অরাৎ-অপা নৈনকবা
ঈবল মাপলনা লমজিং ওই,
শিদয়াই চীংবু কানরা,
শেকপী য়াহিপ নু শিবা,
সনাগী কৈরাক লৌখিশি
হৈনম লৈনমা থল্লবা,
শিদয়াইগী হৌনফম লংএন্ন।
মমাই মাপল লোংনচৌং
চীংগী চীংখোং নিংবু-নিংথবা;
নুংচেং লাইজ অক্লবা,
অরাম খৌরাং ঈপোমদা।
সনাগী কৈরাক পুরবা,
ওকচিল পানবা পিগনবা,

তিল্লম লাইরম থিহৌদ্রগা
লম্মেল লম্মুরুহুনা, চৎহৈদবা,
খাগী মরোল তরেৎকুম,
ফানয়াই পুন্নয়াইনা পুন্দুনা,
ইমাগী তম্পাক্তা ভালিবা
শিদয়াই পাম্বী মাঙখিনি।

---

# কাওফদে

তাখি লাইগী শাগৈদা
হিংচাবা পোকপগী অবাবা,
মীরম লেন্দা পোকপসু
লাইগী লৈবাক য়ৌনবা,
লাইনিং লম্বী য়ান্দুনা
লাইগী লৈবাক মুংঙাইবা,
মীরম লেন্দা পোরকপা।
সনাগী নোংবু চুবদা,
লাইর অনং থাক্তুনা
খোঙতেক মিত্তাং নাইদনা,
মুংঙাইবা মতোল লোম্ববু

ঐগী ওয়গে তানবদা
মখোঙ অহুম পাল্লবা
তিন্নবগী ইপুরোই অথোয়বা,
থবাইগী হৌরকফম ওইরবা
শিদয়াই পাম্বী পুরিবা
লাইগী লাইশক কাওবনা,
খাগী মরেল তরেৎকুম
শাগৈ লোইনা মাংবগুম
ইমা লৈপাক মাংফদে।
ইপা ইপু পোকপনা
অবা নুংঙাই লাইশোন্দা,
কৈনা তোকপা পোকুবা
ইমা লৈবাক নুংঙাইবা,
মীনা শাবু পোকফদে।
নোংয়াই ঈচৌক হৌরকপদা
কোংয়াং লৈগী লৈনম্না,
বাখল ইশৌ লাংহুনা
শবাং লাইগী মংাংয়াই,
তুম-উ লাকপা চান্নবা
চিনখুবা মানা হৌহুনা
মোল্লাং শাদি য়াই-ফবশা
খোইরী কৈথেল কায়কপা;
কাবু শল্লাই য়েংনচীং

কাব তম্না শাৎলিবা
পুন্নিক নিংথৌবনা থোম্নলৈ
মেল্লৈ লৈম্না নুংচুম পান,
লৈন্নাং অন্নেম্বা তারকপা
নুংঙাল লম্বী ম্নানবনি
থাদোই মানা তাকপনে।
বাখল চাওবা ইপুন্নোই
নোংবী কৈবু পাম্নবা
নোংলম লম্বী থোন্দুনা
থোংলোন মাপলগী অথোইবা
থোংলেন পোবু থাহুনা
কোংম্নাং লৈগী লৈনমদো
চিংখুবা মাগা লোম্ননবা
শউল থৌরবা পুন্দুনা
কৈশুম শংদা থমগনি ;
নত্রবদি মাঙঐগনি ইমালৈবাক
ইনাগী পল্লেপ ম্নৌদনা
ইদু মশক খঙদনা
কৈনা তোকপা পোক্নুনা
মীনা শাবু ওইহনা
ইমা লৈবাক মাংগনি ।
অবাৎ অপা অপুম্বা
পং… তম্পা… খিদনা,
লাই। লৈবাক্তা থিরগা

হিংচাবা মপৈ থেংনতুনা
নংগী পুক্সিদা নত্তনা,
শাগৈ ফাওবা মাঙতুনা
ইমাগী অবাবা ওইগনি ;
পলেগী তম্বাক মুংঙাইবা
পুন্নমক শোরদনা ফংগনি।
মীগী মামা ফজবা
ইমা ওইবা য়াদবগুম,
ঐগী ইমা শকথিবী
মাগী খোম্লাংনা চাপবনি
মমা নিংবা মহাক্কে
অথোইবা শিংদা চন্নবা
মচা অফবা পোকপনা
মমান্নবী মীরক তিনজবা
ইমাগী মমাই পাকচৈদো।
মীগী মরন য়েংতুনা,
মীমাদা ইমা কোরিরৈঙে
নাপল ইপাল ফরিরৈঙে ;
থোদা নঙ্গো য়ারিরৈঙে
ইমা অমতগী মচানি,
ঐখোয় পুম্বগী ইকল্লি,
ইচা হাকতক য়োরকপা
নীনাই নাইথাং তাতুনা,
মীপী নৈত্রবা শনাঙঙা,
মপা খঙদ্রবা লমজংগুম ;

মমাই ফিরুক খুমহুনা
নংবু কৌহুনা চৈরকপদা
নোংমা শোইদনা ওইগনি
মানি পোকপী ইমানি
মণিপুর কৌবী পলেমশে
ইমাগী তম্পাক নিংথিবা
কৈনা তোকপা পোকতেদো
নং ঐনা কাওফদে ।

——— ———

# মমোমলোই

মণিপুর কৌবী ইমাগী
তাংনা ফংজবী মমোমখোই
নিংডোল ওইবী নখোইনা
ইমাগী মিংচৎ তাম্বনে ।
য়েংউ মণিপুর কৌবীসে
চী-লোন মাপন্না কোইরবা
গুরু তরেৎকী পোক্লফম
শাইওল তরেৎকি লাংওনকম
লাইথুং চামানিপাল কোকনফম ।

ইরম-ইতিল তাকপা লম
শিদ-য়াগী হৌনফম
মণি পোকপী অপোকপী
মণিপুর কৌবী ইমানি
নংগী করি বাৎপগে?
ঙসি কৌবা হুমিত্তা
ইচল হায়না মিঙ্গৌবা
হয়েং ইনুং ঙাল্লগা
ইমা হায়না লাংওনবা
লাংওন তরেৎ তান্দুনা
লাংলেন খুত্তা পাইরগা
থাদোই হায়না শাই-ওনবা
অঙৌবা পেবু উরগা
মোল্লাং লমদম নিংখিবা
তেরা খাওইনরকপা
কুমগী মতম লাঙ্কপদা
কুম্বী থোংলোন মাপান্না
থোংগী নাতৈ কাংলকপা
স্নাশী নোংবু চুবদা
ইমাগী মিংচৎ কাওফদে।
কুমগী মাৈম ওইফদে
কুমকোক ফুইনা ইহৌনা
ইরম ইতিল চোনৃফদে।
নিংঙোল পোকপী মমানা

শাজং লিচং ফজবী
নিংঙোল অমা ফংজবা
মমাগী মিংচং হেনবগুম
ইমাগী চিংলোল মাপলগুম
থোংলোন মাপল নুংহুদা
নুমিং থাগী মহৎশিন্দুনা।
তাইবং পুম্বা ওাম্নবা
কৈনা নুংগী মতৌগুম
তাম্নবং কৈরেন অচৌবা
থম্মোই ইকু তান্দুনা
মণি পোকপী নখোইনি
মণিপুর কৌবীগী মমোম্নি।

# লাংলেন

তাইবং ইরমলেন অথোইবা
মপুগী থৌদা মাংওইনা
মাজং খোংচং থিবদা
তাইবং লাংদি অঙকপা
লাংগী লাংশিং নাহংব
লা ওঙ লাংশক খংদবন
লাইথুং চামনিপাল পোক্ত্রনা
পুংশিনা অরেম্বা তাখিবা
ঙাগী লাংবু থাক্লগা
শাবু ফাগে পে বাংবা
শাফ লাংবু থাক্লগা
মীফা লাংদি উদবা
লাইথুং মশিং নাইদব
তাইবং অবাবা ওইরকপা
লাংলেন খুত্তা পাইরগা
শন-দাইরক চনিঙ খোনবদা
অথোইবা থিবা মমেক্কে
অহেনবা তাম্বা মাশলনি।
তাইবং মচু অঙকপা
অঙাং অশং তৈরকপা
অথোইবনি খন্দুনা অম্মবা
লাংগী শাবা শনুফদে

শাগী লাংবু থাকপদা
শায়ম য়েংহুনা থাকপগুম
মীগী লাংবু থাকপদা
মীয়ম য়েংহুনা থাকনি ।
লাংমিৎ ফাবা য়েংহুনা
অপান বাখল তৌহৌশি ।
থাগী থাশক খংদনা
মতম পুংজা য়েংদনা
লৈকংদা ইলবু থায়গা
অয়েখদা পাজল মাংহুনা
শামুগী লাংদা ওকপু থু
লাইগী লাংদা হিংচাবা থু
ভাইবং মুমফম অঙকপা
লাংগী লাংলি তংহুনা
পাজল ময়েং ভাহুনা
পুনশিবু অয়েখনি খনফদে ।
ঈ-য়ম লেন্দি মুঙ-ঙালবা
চনিঙনা ওনবা স্নানি
লাংলেন মিংথোল ফংবদি
অয়েখদা ফংবা নংতেদো
লাং পুয়মকগী অথোইবা
মাবু লাংলেন কৌইদো ।
লাংমিৎ লাংলম খংদ্রাগা
শাবু ভাবানা বাহুনা

ঙাবু থিবনা কপগুম
পুন্সি কগুনা লেনফদে।
অথোইবা মিংরেল তান্নবম
অখম্বা লম্বী থিদুনা
লাইগী লৈবাক নুংঙানবা
ইমা লৈবাক নুঙশিনবা
লাইগী লাংবু থাক্লবা
লাংলেন মশক থিখিসি।

---

# ‘পারি’

পারি মশক খঙদনা
পস্থোবা মিংফম তানফদে,
লোইবী চীংদা শাৎপলৈ
মেল্লৈ লৈস্না নুংচুমপাল
লৈবাং লৈশক থিবগা
ইপু মশক খঙখিসি,
থাইনগী লৈবাং অমনবা
মল্ল মল্ল লৈনুংশি;
তায়ন ফিদুপ অহুমগী
লৈরাং লৈশক খঙলগা
লৈমা নিংথৌ য়োক্তনা
তাইবং য়ুম্ফম ইয়াইদা

লানঙম ফিরাল থেৎনবা
মতাং তরেৎ পানবা চৈ
চৈগী চৈশক থিরসি।
অবা চীংজিল লাল্লগা,
পল্লা মঙা ওইরবা
ঈরম লমলেন নীঙ-থিবা,
ঈচেল হঙ্গৎনা চেনবা লম
মমাই মাপল লোংলবা
থাদোইনা লাংওন তান্নলম ,
অঙৌবা শগোল তোংবনা,
লাংলেন লাংলম খুরৌনা
পারিবনা শাইওন তানখিবা
পারি হায়না মিংথোল্লি।
য়েংঊ ! পারিও পলেমগী,
নোংচুপ শম্বোংদগী হৌরক্লবা,
লৈচিল নুঙ-ফাংনদুনা
ঈঙা থাদা ঈকংলে
পোইনু থাদা ঈহৌরে,
অয়ুক্কী য়েনখোং অহানবা
অমম্বা কোকথোং পুন্নিডৈ,
নুমিৎনা চীংয়া তম্নকপা
নুঙঙাল লম্বী থিরুবা ;
মেরা থাগী থাবনা

মাঙখিবগুম চিক্লা অহিংদা,
অথোইবা মশক ফংদনা
অরাম খৌরাং ঈপোমদা
লামঙম ফিরাল উখিরোই
হৌবকক্লিবা ইমাগী পাবিখোই

## কপ্লগন্ন

কপ্লিবা। কপ্লগন্ন অমুক হন্না
খোংলবগনি ঙসি পল্লেমগী হবাওপুংদা
তাববগনি ইংলবা পেনাগী খোঞ্জেল
শাববগনি তাইবংবু লানঙম্বা হগোই,
পিববগনি অষ্টবা, থুংথেক চাববা খোনফম,
ইমানা পিনবা চেস্থরক্লিবা ঈবম্না,
অনৈবনা য়াইদা অরুবনা তাইওইবা
অকনবা ঈবৈবু কিজবনা ঈয়াইগী,
পাঙ্গল শোল্লবা নচা কয়া
থকখ্রে মপুক থন্না অরুবদে। ।
চেল্লগনি নম্বুল তুরেল হান্নগুম্না
উরগনি ইস্ফাল তুরেলগী ঈহৌফম
নিংথিরবা ইরিল তুরেলগী ঈরোং
থিরগা ইমাগী তম্বাক্তা অয়িংবা।

কয়িগী চীংলোন মাপল কোইরম্বা,
করম্মা পান্না মঙা খাইরম্বা,
তুমলিবসে কুইনা, লুবাক মন্নুংদা
ঙাল্লরগনি নিংথিবা শঙ্গাই ফম্বালদা ;
পিররগনি তাইবং লনগী লনগৈ
উবগনি মোল্লাং কংন লম্বী
লাংওন্দুনা অনৌবা শাইওল তরেৎ ।
নত্তে, বীনাগুম্বা, ইমাগী পেনা,
কোলাহং ঋারগা মাঙখিগদবা তাবগুম্বা ;
পলেমগী চৈশু মতাং তরেৎ
লাইরবতনা পাঙ্গন্বা, মপুগী খুবমদা
ইমাগী হৱাওপুংদা শারিবা জগোই
নত্তে, মঙগুম্মা লাইরৈবাক ত ন্নবা,
থিারবনি ঙসি মালেমদা লাইলৈবাক,
হেঃ লাইগী শাগৈনা হোৱ ক্লবা মীওইবা !!
অফ-ফত্ত থম্মোই ৱারকপা ঙমদবা
মাগী মরল মাগী ওইনিবা হিংচাবা,
মুনখিগান নমা লৈবাক লিংথিবা
শুঙ্কাৎপা ঙমলবা কোকিলা [illegible] খালহেক্কম,
চাওখিনি [illegible]ম্মোই নু [illegible] [illegible]কপ ঈচাও
লু[illegible] [illegible] লনাশ [illegible] [illegible] জন্দা
ত.ওখিান থম্মোই লুপখরো আচকপদা
ইমাগী লুপঞ্জবা লনশিং তাওহন্দুনা
থিরগা ইপা ইপুগী পরম,

শেমলমনবা, নিংথিরবা লৈকোল যাত্তবা
য়াল্লমসি, লম্বা পিরাংগী কংনবম ;
কপ্লুগদবা নত্তে, ঐখোইনা লাইরৈপাক্কী
শেমলম্বা ইথৌদাং মীয়মলেন্দা যাত্তবা
ফংগনি, ইশা ইপু পরমদা লাইরৈপাক।

# হৌরকফম

নোংদোন থক্তা পাইবিব লৈচীন,
থিরুবগা হহৌফমদি অকুৎপা ;
চাকলিবা খাম্বী মৈশাম্নু
পীবি থেংনা খোংথাং অনিদা
তাকলি পামেলগী জপোক্কনা।
পিবি লৈমা য়োন্দা, যাওবা
নোংদোন থক্কী কোইবৌহন্বনা
মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ,
লৈপাক, অতিয়া মঙাবু
সুপনা থৌদাবা অসুপনা।
পিনবে, তাইবংদা মীওইবা
অঙৌ-পাম্বা হায়না শাইওনহুনা।
ইপুরোই মিংগী তান্দুনা,
মণি পোকপী মিংথোল্লে।

ইচেল অহুম পিতুনা,
থোংলোন মাপল খাইনরে ;
ঙসি মীওইবনি হিংলিবা
হেদো ইরাং ঈপোমনা
পুনশিবু মঙনি খল্লুবা ।
লাইগী লৈপাক নুংঙানবা
অবাং-অপা লৈতবসে,
তাইবং মপুবু কাওতুনা,
মীনা শাবু পোকপগুম
লাইগী শাগেদা পোক্লবে,
হিংচাবা মপৈগী অবাবা ।
মিৎলু নাপোম ইহৌবে
মোল্লাং থুম্বা ঈচাওবে
ঙসি চোৎলিবা মোল্লাংসে
হৌখিফমদা তিল্লবগুম লাইজনা
থিনসি হোখিযমদা কংনবম
নেৎলিবা খাম্বী মৈ অশাবা ।
ওইখি থেংন খোঙথাং অনিনা ;
নেম্নগনি থম্মোই মৈশা
মালংবগী শাফু ফংবদা ।
কেনখিবা পামেলগী মরুনা
মালং লৈতেং পিবগুম,
তারিবা পিরাং অশাবা
পাইরিবা থম্মোয় লৈচিল্লা

লৈম মখোল তমলক্ষপা
খোঙথাং অনিগী জগোইনা,
নোংদোনগী লাইজ অন্নবা
লৈমাই থক্তা য়োরকপা
তাইবংদা বাত্তবা পিবগু,
তাইবং কোয়বা অরেম্বা
ফম্বাল কোয়বা অথোইবা
কোয়বশি ইরমলন্দা ঙসিদি ।
মালেমগী অমতা ওইরবা
শকফম অতৃ থিবগা
ফংগনি পুন্সিদো বাত্তবা
লাইবৈপাক্কী নুংঙাইবা উরগনি
হৌরকফম খংলবদি মীওইবনা

---

# অমম্বদা চাকতাবা

কদাই ইমা ! নহাক্কী হরাওপুং
লাইরৈপাক্কা তমজনফম ওইরবা অতৃগুম্বা
হৈনম লৈনম্মা থল্লবা ইংলবা,
অরাম খোরাং লৈত্রবা বাত্তবা
য়ুমথোং খুদিং চেল্লম্বা সানাগী মহি

মাঙখি কবয়া উনা উনা,
মাইকৈ তবা থে'ংলোন মাপল
ভুইখিবা কবয়া শাবং হিংচাবগী ;
চহুম তবেৎ চাকথাহ্না ইমাবু
লাওবি চাকনিবী হৌবককম খঙদ্রবী।
অহিং নুংথিল নাইদনা লান্নফমনি
ফত্রবা যাহ্ মন্ত্রগী য়াই-থাবা
তাঙম উঙমদ্রে ইমাত্ত
কয়া কুইনা তাথোগে অপোকপী।
য়েংথোগে কয়া কুইনা পলেমও ॥
মহাক্কী লুববা নুংজেং লাইজ।
থকপা ফংদবা কল্লকচাওবা নৈখাইরি।
অমুনবা শকখঙদবা শাগুম্বা মীওইনা
কোলোম শেম্বা হৈত্রবা শিদয়াই,
মক্ক ফংনা ম্যাল্লগে হায়গৎলক্কে
থৌববা শিংজ' মখুত্তা পাইহ্না .
উখিদ্রবোই অৱাংদা লৈবিবা ইয়াম্বা !
থাখিবা য়াইগী মহু কোকঙমদবা
চেলখিবা ঈগী তুবেল য়েক্কবগী
ইচিল ইনাও মশক খঙনখিদবা
ইপা ইপুগী হৌরকফম্ম' মমখিবা,
তাকাপরো নৌনা হৌরক্লিবা কয়াবু
তিল্ল্ববসু সমক্রুদা লোইনসনু শকখঙনা।

কে ! অঙৌবা শগোল তোংবা
শাইওল্লো, ফিঙাংশেৎপা চিঙখয়-লমদা
থোংথিংলো নোংচুপ্পা, থোংহাংলো নোংপোকপা
কংলসনু ইমাগী মোল্লাং ঙসিদগী ;
ইমাগী মাইথোং মকা লাম্লগা
মচা খিবিক্কগী পিরাংসু কংগনি
তৈথোক্লসি ইমাগী মাইথোংদগী পিরাসে ।
ঙসি লুপ্লিবা ঈরোং মীওইবনা
ঈচেল হনগৎন চেপ্পবু থিদুনা
কবম্বা লাইথুং কোক্লখম ঈবোংনো
তাল্লি লন শাবী শানৌনা
অক অহেন মপানগী মাংখিগদবা
শুবিবা ফিজেৎ থাদোকতুনা থম্মোইদা
গঞ্জা কানি, য়ুদগী অথোইবা
থকল্লুরগা মাংগনি খনবগুম
লৈরি অযম্বা অমা তায়বংদা
য়াই প্রয়মকগী অথোইবা ফম্বান্দা
য়েংউ ইরমলেন্দা লাইথুংগী কোক্লফম নুংশিনবা
লুপকদবা লাইথুংগী কোক্লফম নুঙশিনবা
শুগদবা অঙৌবা, তানগদবা ফম ;
তায়ন ফিদুপ্তা অহেনবা থিদুনা
থম্মোই নুংফাওনবা ইথৌদাং অঙকপা
অবা নুঙাই তায়বংগী শিনপুবা
লমলোং তহমগী পা—খঙবা

মাইবা মাইবীনা ঈরাৎপা শকখঙনা ;
লম্মুক্লফদে লাইরৈবাক্তা লমলোংদা
মপুগী খুৎশেম য়েংদুনা নিংশিংবদা
ইপা-ইপু ফমগা বারিগী পরমদা ।
ঙাল্লবদি নঙগী থম্মোই অমম্ব
উগনি লাইগী লৈবাক বাৎতবা
চংলোই লাইথুং চামনিপালগী অবাবা
চাক্কারবসু অমম্বদা শশিং চাবনা ।
লৈতে করম হায়সিগে শকখঙদ্রগা
উখিদ্রগা থাজরোইদ্রা লাইগী লৈপাক
লৈরিবা ইমা লৈবাক্তা মরোল তবামরি
করম্না উখিবা ইপা ইপুনা ।
অঙানবদা ফাখিদ্রবা থিরসি অমম্বদা
তুম্বদা উবা তুমউ ; মশাই কোন্দা
থিরগা চাদ্রিবা পোৎনা য়াইগুম ঙাওরকন্দা
তাক্কনি মাঙখ্রগা মরোল তরামরি
উদববু পাউদমকদে ইপা ইপুনা ।
ফংগনি শবাং লাইগী লাইমাংদা
থাদোইদ লোঙ্গ-থাব., অথোইবানা লোঙ্গ-কাবা
তেরানা খা-ওইনরপা, কুম্বী পরম য়েংদুনা
অঙৌবগী খোংনেৎ-শা কা-ক্ল
কাক্ল য়াচন হাপ্লদা অমম্বা
থম্মোই পোম্না খম্বা মুঙ
খমনুং মাগী মশাইকোন মুঙশিবা

অথম্বা লম্বী তাল্লিবা; উগনি খম্বা
ইওমলেনগী মরোল তারামরিদা লাইরৈবাক
পা-খোঙ খঙলবদি চাক্তারবসু অময়দা।

---

## য়াকাইরসি

মালেম লৈমা মপুংয়াই
তাইবং মঙলান খোংদোইনা,
লোকমাই চৌংথুম য়েৌবক্‌পা
ঈনুঙ নিংথৌ য়াওল্লে;
লৈপাক লৈমা পোকুবেল
তাইবং যুম্ফম শিদয়াই,
শগোল পাওবু লাকপদা
ঈবাই লৈমা ঈচাওরে
ঈরোং মাপল ঈহৌবে।
অবা নুংঙাই খায়ন-থাং
ঈরম ঈতিল পিনরেল,
লোকনুং লৈদা চিক্তুনা
ঈশৎ ঈথিঙ পিনবা,
তাইবং মঙলান মরানয়াই
মঙাং লুবাং অনিনা।

খুমল গুরু নিংশিংবা
গুরু অহুম পুনবদা
তাইবং ইপুরোই অথোইবা।
ম'লেম ইচিক হৌবকপা
লৈম ঙাংখগী মনুঙয়াই
অঙৌ পামবা মপাবি।
অবা অনা কোক্লরেল
ম্রাকাইরসি শিদবা ইপুরোই

---

# শায়োলাস

লমলান পুঙদা কৈথেল কাংদে,
লনশিং ঈচাওদা লুপফদে
ইনুঙ লৈদ তাত্রফদে,
নোংমা পোকপা মীরমদা
থাবোল নাইনা ফীহোংবী
গুরু তরেৎ পোক্লবী
ফীঙাং শেৎপি লৈমবেন ,
অঙৌবা শগোল তোংহুনা
ঈথিং ফমবু য়ৌরকপা
শকমাই শামাং মাইয়োক্লা

খোমলাং অমত্তদা থক্লগা
করিগী কাংলুপ্ত থাইক্লবা
নাইতোম নাইত্তোম চংশগে ?
ইমাগী মরন মাংলগা,
কনানা মরেং তাকনো,
মীরম্না ইকুন শাযগ্গা
চাওখৎপা শিক্লা চন্নবা ?
থুক হুরী শুপ্তাইরবদা,
ইমাগী তম্পাকা ভাজিবা
নশোগী নরন কাওরবা ?
গুরু অরেংবী পোকফম,
শাম্রোম্ভ তুরেংবী হ্যাংগুনফম,
মণিগুম থাংনবী অগোক্লগী
থোম্ভ, সুদ্রী, মরম্না,
ক্ষিরা, মুণিথা, লোংশ্রুম,
গুরুমা ঊমংগী মঙ্গংদা,
চক্ৰেন, পাখী, হৌশগুম,
চীরোন, মাশন্দা ঋ্লংদা
মোল্লাং কাংলবোল অথোইবা !
তাইবং মালং খোংদোইদা

লাইথুং চামনিপাল কোক্লরেল,
অখম্বা লম্বেল তাক্লিবা
লোকপু তাকপা ইনিংথৌ,
লোকতাক ঈরম থিতুনা
অনৌবা শায়োল তাল্লগা,
অবা ঈপোম খায়তুনা
নুঙাল লম্বী থিরগা
ইমাগী তম্পাক্তা শায়োল্লসি ।

## লোইরবা